অহান্বা ফোংবা :
ফেব্রুবারী, ১৯৬৮ ইং।

ফোংবিবা :
শ্রীমদন সিংহ,
নিত্যানন্দপুর, কাছাড়।
2626

ছাপা :
শ্রীগোবিন্দ দত্ত,
জয়ন্তী প্রেস,
শিলচর, কাছাড়।

মথুম :
শ্রীঅনন্ত ভট্টাচার্য্য,
বিচিত্রা ষ্টুডিও,
শিলচর, কাছাড়।

লুপা অমগা মথায়।

৺পলেম্-পম্বৌ অনিগী থুয়াথাদা।

## তৌবিমল্ থংহনজবা :

বাগুচনদ্রনা পাগুলাক সমস্থং মুৎচনদ্রবা থৌশিন্ কয়াগী ইকুৎতনী "শন্‌লকু চু" অসি পোকৃখিবগী থৌনম শিনবিখিবা মীগুইশিংচুদা।

—লেংজবা।

# লৈচন্

## নংগী অম্বতগী মরিক্ অমত্তং।

মতম্ অদুগী মানি :
তাইবংগা মঙ্গা, অনিমক
অমত্তা ওয়না চেল্লম্বা ইচেল,—
মাখল্গী উমংদা নংমু শাৎলম্মী।

শংফানবা মালেম্গী শনরিক্ মচু,
লংলানবা নোংগী তথক্নবা নোংথাং,
তনিক্লবা থমোয়গী চুম্থাং-জগোয়...
করিগুম্ব'মা ফংলবোয় নিংখি।
কবি কয়াদি ঙাওখি,
ঐমু ঙাওনিঙ্ঙি,—
অদুবু ঙাওবদি হৈতে,
আদুনা ঙক্খি।

নংনদি হায়খিবদায়,
অসিনি ফজবা, অসিনি নিংথিবা, অসিনি পুন্সী ;
অদুগী মানি মাকৎলিবসে ঙসি।
কদায়,
কয়া'ম্না মাহনবিখরে ঐবু
নংগী পাওতাক্ অদুতনা ?
ঐগী থমোয়গী লৈরাংনা শাৎলক্পদা
খোয়মু কয়া, কুয়াক্ কয়া

ঐগী পাম্বোম্ অসিদা তোংলম্মী ;—
থংখিবরা নঙ্ ?
অমগী মথংদা অমা
মতুগী মথংদগ্ন কয়া—
প্রমাণদি,
থমোয়দগী হৌরকপা মীৎলুগী লাইজতনি ।

× × ×

মন্থবকুলে ঐগী থমোয়-লৈরাং অসিস্ন—
লৈরাং-লৈহৌ য়াওবকতরে,
লৈনম্তমক্ ঙাইবে ।
ফংলগ্নোয় ঙসিদি
লাইজা মরিক্ অমত্তং
ঐগী লৈকংলাগুম্নবা থমোয়'সিদা ।

অতুমক্কদা,
পাইরকই কুরাক্ কয়া—
অতৈস্ন পাইরকখিগদ্রা থংদ্রি ।
বার্ত্তোন্ য়াওদবা অতিথ্ ঙাকতনি...
পুম্নমকস্ন পাম্মি ইশিং মবিক্ অমত্তং,
মতম্ কুইনা থকলক্লবা,
নুংশিহৈত্রবা তাইবংগী চৈরাক্ ফংলবা,
থব্রাইগা হাকচাংগা খাইনগদৌরবা
ব্লারবা ঙাকতনি ।

অহুবু মখোয়দি থংদে—
ঐগী থমোয়'সি পাত্ নত্তে,
মরীচিকানি।

× × ×

ঐস্থ খোবাংনা ঙাইবিবনি মক্কপ্
স্বর্গগী লাইজা মবিক্ অমত্তং।
ঐগী লৈকংলাগুম্লবা থমোয়গী তোর্বান্দা
মালেম্গী হৈবাং লৈবাং পুম্নমক্ হোৌবসম্ম;
নংগী ইংলবা অমৃতগী ইচেল্লা
ঐগী থমোয়গী লৈকংলাদা চেন্‌হুনা
অনৌবা স্বর্গগী অমরাবতী শেম্লসনু:
রাববা খোৌরাংলবা অতিথ শিং'সে
ঐগী থমোয়গী কুঞ্জদা পোখারগা
অবাবা কোকৃপা ওয়সনু।
অহুনবু নিবনি মক্কপ,
নংগী অমৃতগী মরিক্ অমত্তং।

—মেহেরপুর, ৫।১২।৬৪ইং

# সিগারেট্

লৈর-লৈবহুনা পাইরিবা মৈখু অসি
ঙসিস্থ ঐবু কৌরি।
ঐগী মশিং নাইদ্রবা পুন্সীগী মঙ্ কয়া
মৈখু অসিদা কেন্দ্র ভৌরি।

ঐস্থ খংঙি মরূপ্,
ঐস্থ নংদৌনা লাকপনি
মৈরিক্ অমত্তদগী। ঙসিস্থ চৎলি
নংদৌনা,
লোয়বা নাইদ্রবা চিরন্তনী খোংচত্তা।

য়াখল্লা লাম্বা ফংলক্ত্রবদা
মীৎকুপ অমত্তং পোখাফম্ থিরক্পদা—
উইল্‌স্, ক্যাপ্‌ষ্টেন্, নাম্বার টেন্,—
মখল্ কয়া,
হ্যালো মাই ডিয়ার, ডিয়ার সিগারেট্,-
শোমদ্রবনি মরূপ,
নংতনি, নতোমতনি
ঐগী ডিয়ার, ডিয়ারেষ্ট্, হার্টিয়েষ্ট্,—
অহুনা নংবু নিংশিংবনি,
নংবুতা শোন্‌বনি।

পুন্সীগী বসন্তদি হৌখিগনি,
হৌখিবনস্থ কয়া ওয়গ্রে।
হৌখিবা কয়া অতুনা য়েকৃতুনা থম্নম্মী
ঐগী পুন্সীদা—
নিংবা কায়বগী চৈনাখোল্ কয়া।
ঐগী থমোয়গী কাচিন্‌দা
ঙসিস্থ চিক্লকৃই করিগুম্বা ঈীল্ অমা।
মীৎকুপ্ মীৎকুপ্ খুদিংদা
ঐগী থমোয়-সমজ্রুগী তোর্বান্দা
থেংলরি ঙসিস্থ ইথিল্ কয়া।

পুন্সীগী পামেল্‌না তেকৃত্রিবৈঙ,
প্রেমগী লংলানা তৎত্রিবৈঙ
শনজিং নাওপোম্ নাপদা
উন্‌গী লৈত্রেং হাপ্পদা
শাখপ নবা খোয়মুস্থ
নংগী লমন্ শিংলনি।
লৈরাংনা লৈকা ফল্লিবৈঙ,
তৌদ্রিগী খোল্লিক্ তৎত্রিবৈঙ
কুম্‌গী নোংখাক্ ফংবদা
মালংগী চৈক্ফু-চৈথাদা
চিরোম্নবা সুংশিবস্থ
নংগী শকৃতম্ উৎলনি।

রাজববা ঐগীদি
নংত্তনা মন্নপ্‌নি ;
নশাগী নুঙায়বা, নশক্‌-নগুন কংথোক্‌ত্ননা
ঐগীদমক্তা লেপ্লিবদি
নংতনি।
অত্তুনা নংবু্তা মুংশিজৈ ;
নংগীদমকতা থাগনি থন্নাই।

নংগা ঐগা, ঐগা নংগা—
সৃষ্টিগী তোর্বান্দা ঐখোয় অনিতং
প্রলোয়গী খোংথাংদস্থ ঐখোয় অনিতং,—
শিরে শিমিন্না, চারে চামিন্না—
মহাপ্রলোয়গী মোংফম্‌দা
মৈথুগী মুন্না-দোলান্না
ঐখোয় অনিগী শান্নীনি।

—মেক্কেরপুর, ৮।১২।৬৪ইং।

# বিদায়

কায়নবতনা নংগী মীথোংন্ ওয়রিবনিকো
নুংশিবা ।
অমম্বা-অঙান্বা, অরাবা-নুঙাইবা—
পুম্নমক্কী খোংকাপ-খুদিংদা
নংগী কাওঙম্দ্রবা পরি
নিয়মগী মনুং চন্খরবনিকো
পাম্মুবা ।

নোক্না নোক্না কপ্পা
কপ্না কপ্না নোক্পা—
থমোয়গী ত্তেংথন্না ফুরক্পা
মালেম্গী নোংজু-নুংশা কাওহ্না
নংবুদি নিংশিংদবা ঙমল্লিবনিকো ।

× × ×

মীৎলুগী লাইজা-ঈহোনা
ঙসিসু প্রমাণ পীরি,
শনজিং-নাওপোম্ কিংখায়রখিবি,
মালেম্গী লৈকংলাদা অমৃত শিম্বুরগনি,-
মতম্ অহুমসু নোক্লগনি নংবা
নপী তরং তরং চেন্না ।

ঐদি পখিকুনি,
চৎপতনা ঐগী ইথৌনি ;—
হোৎবে ভাংকক্ কয়াস্থ,
পৎতুনা পুম্‌তুনা মাংখরে
লৈরাং কয়াস্থ ;
অদুবু ঐদি চৎলি, চৎখিগনি
মথং মথং —
খোংকাপ্ খুদিংদা
চিং-সুং, তু-খোং,···
কয়া লংশেকতুনা
নংগী পখিগী বাংমদা।

মতুদগী,
থমোয়গী লাইজনা কংখ্রবদা
মালেম্‌গী লৈকংলা লংশেকতুনা
শংফানবা থবান্‌মিচাক্ শিংবু তম্‌তুনা
লুপ্ খিগনি মহাকালগী গর্ভদা।
অদুফাওবদা
নংগী পখিনা প্রমাণ ওয়গনি
নিয়মগী শখিক্ খিংলক্‌পদা—
বিদায়তনা অলোয়বনি
বিদায়তনা অচুম্বনি
বিদায়তনা তিনবনি।

—মেহেরপুর, ৮।১২.৬৪ ইং।

×

# অলোয়বা খুদোল ।

নংগী মীনোক অমগীতনি
নুংশিবী,
ঐনা ভাওবিবসে ।

মালেমগী মালংনা ইংথরকপদা
পুন্সীগী সন্ধ্যাবাইবমদা
কাওবেন যম্বী কয়াস্থ
মকোল তমনা চৎখরে ।
ঐগী পুন্সীগী অয়ুকৃতা
শেমখিবা মংলান্চা কয়াগী
জমা খবচ :
মতম না হৌগ্রবদা
নিংবা কায়বগী চৈনাখোল্না
মীৎলুগী লাইজা কংগ্রবনি ।—

কলমগী পাঙ্গল্স্থ য়াওদ্রে
ওসিদি,
য়াখল্গী ইপোম্দা তাওখবকৃপা
হৌখিবা পুন্সীগী খুদোল্
: নংগী নুংশি-মীনোক্—
ঐগী থৌরম্ খুদিংগী পাঙ্গল্,
থবাইগী মিংশেল,...

ঐগী পুন্সীনা পন্দোন্ লোম্লকৃপদা
বাখল্গী ইপোম্ খুদিংদা
স্মৃতিগী খুদোল্ অতুগী মমল্
কবিনা পীগনি ?

পাম্বুবী,
লাইরবগী শেংখাও মারুবদা
মীৎলুগী লাইজা মরিক্ অমত্তমক্ ঙাইরম্মে
ঙসিদি ;
থমোয়গী অথোয়বা মমল্
থবাইগী অলোয়বা খুদোল্—
পীগী মরিক্ অসি'মতং
অরেম্বদা মাংহন্‌বিগনু ।

—মেহেরপুর, ১৩।১।৬৫ ইং ।

# নিঙম্দবা য়াথনৃগী লৈরাং পরেং ।

থক্লুদে,
অস্থক্ য়াম্বা কবিতা লৈরম্গনি—
ঐগী পুক্সীদা ।
মঙ্গী নুংশিরবা লৈনম দা
ঐগী তম্থিরবা বাস্তব—
মাগী ঊশৈতনি শক্লম্বা
ঐনা ।

অদুবু ঙসিদি,
মালং-ইপোম্না য়াকাম্নরক্পদা
কাব্যগী খোন্জেল্ অমত্তমক্
তাবা ফংডি—
সুব য়াওদবা,
পীগী থারাওম্
কায়রবা থমোয়গী খোঞ্জেল্গা লোয়ননা ।

সিদবা মপু ইবুঙো,
ঙসিদি ঙম্লম্দ্রে নংগী লম্নন্ শিংবা—
তেক্থরবা ঐগী থমোয়দা
ফুইনা হৌরক্পা শঙ্গীবুগী নোংলৈ থুংলরে,
মীৎকুপ্ অমত্তমক্ ঙাইরে
ঐগী থমোয়গী শংজাও তেকদবা ;
অদুনা ইবনি ঙসি
নংগী কবিতা ।

পুন্সীগী বাস্তব-সমক্রুদা
ঐগী বাখনগী কোংগোন্ তাওরম্মী
মতম্ অমদা।
লোয়বা নাইদ্রবা মতমগী ইচেনদা
ঐবু কৌনকলে ঙসিদি।
লৈরাংনা পোমল্লি-পোম্শাংনবিদৈ'
তমথিববা মালংনা নৈখায়বগুম্
নৈখায়বকলে ঐগী থমোয়,
ঐগী মঙ্না মপুং ফাগ্রিদৈঙদা
বাস্তব্কী ফুবা যুংদ্রিদৈঙদা,
নুংশিকৈজবা নিয়তিগী চৈবাক তনা।

পাম্মুবা,
নিঙমথৌদবগী চৈনাখোল্ ময়াম'সিতনা
লেংঙম্বনি ঐগী লৈবাং-পরেং অসি।
হয়েং তাজ্না কিংখায়গ্রগা
নুংশি-ঈশৈনা লুপ্প্রবদা
থমোয়গী লৈরাং-পরেং অসি'মক্তং
জাহানারাগী ঙক শমদা
হুক্পিরন্নু—
অসিতনি পামজবা।

—মেহেরপুর, ১৩।১।৬৫ ইং।

×

## তাজমহল্।

ৱা ঙাংগনু
মীৎকুপ্ অমত্তং—
মফম্ অসিদা।
তাও,
কনানো কপ্লিবাসে
মীৱবা থমোয় কায়ববা খোঞ্জেল্না
নুংঙৈগী মন্দিৰ অসিদা।

পথিক্,
নুংশিববা মরূপ,
ঙাইহাকতদি লেপ্লম্মু
মফম অসিদা।
অসিদনি,
নিংথৌবেন্ অথোয়বা
শাজাহান্গী
মীৎলুগী লাইজা তাখিবা—
কায়ববা থমোয়গী কাচিন্নগী হৌবকপা
পান্দম্নিঙায় লৈত্রবা
পীগী মবিক্ অদো।

মম্তাজ্,
লাইবক চাওবীনি নংদি—
নংগী ৱা নত্তে
ঐনা হায়বিবসে।

থমোয়গী বীণানা তৎত্রিবৈঙদা
মীববা মাগী খোঞ্জেল্ তাহ্না
লুপ্ থ্রবনি নংদি
মহাকালগী গর্ভদা।
নিয়তিগী চৈবাক্ ফংলবা
নিংথৌ.বন অথোয়বগী
অবাবদি
নংনা কবি থংগনি ?
নংগী কাব্যলোক্তা ডাওববঃ
শাজাহানগী বীণাদি
মখোল থোক্ত্রে ঙসি।

তাও পথিক্, তাও—
মীৎকুপ্ অমত্তং,
সুব য়াওদবা
শাজাহান্গী
থমোয়-বীণানা খোংলিবসি,
মীববা কঞ্জগী খোঞ্জেল্দা
মবোল থোক্তবা
থমোয় কায়রবা খোঞ্জেলনা।

মম্-তাজ্, মম-তাজ্, তাজ্—
লোয়বা নাইদ্রে ঙসিফাওবদা
লোয়বা নাইবোয় কৈদৌবৈঙদসু,
লোন্থোক্তবা বীণাগী খোঞ্জেল্—
শাজাহান্গী অন্নেম্বা থৌরাং,

অমম্বা রাখল্—
নিয়তিগী তেন্জিন্দা
লোন্থোক্তবা
থমোয় কায়ববা খোঞেল্—
ম-ম্-তা-জ্।

অদুবু শাজাহান্,
শিল্পা অপোয়বনি
নংদি,—
নংগীদি পাংগন্ লৈ;
থমোয়গী বীণানা তৎশ্রবদা
শনজিংগী নুংঙৌ ফুক্তুনা
শম্গদগী লাকনবা,—
মালেম্গী ভম্পাক্তা
নুংশিবগী ফুবা:
নুংঙৌগী মন্দির
তা-জ-ম-হ-ল্,
অরেম্বমক্ ওয়ববস্ু।

অদুগা,
নংদি খংঙিরোয়,
ঐস্ু শেম্লি
ঐগী থমোয়গী তাজ্মহল্ অমা,
ঐগী থমোয়দগী হৌরকপা
মীৎলুগী লাইজতনা
য়ৈখৎতুনা—

মপুগী শক্‌ত্তম্‌ লৌহ্নুনা।
হয়েং লোয়রগা
উবা ফংগনি শোয়দনা :
নংগী ভাজ্‌দগী
ঐগী তাক্স্র্মফলনা অহেন্‌বনি—
ঐগী'সিনা অথোয়বনি ;
মতম অত্তবু ঙাইবনি।

—মেহেরপুর, ১৪। ১। ৬৫ইং।

×

৺রবীন্দ্রনাথকী

## শাজাহানগী নুংশি-খুদোল।

মাংহন্‌দ্রবনি নংনা
নিংথৌগী নাপল্‌ পুন্নমক্‌—
শাজাহান্‌ ;
নংগী অশেংবা আশানা
মীৎনুগী লাইজা মরিক্‌ অমগং
নুংশিবগী অথোয়বা খুদোল্‌—
লেঙ্ক্রমদ্রবা তম্পাকৃতা
কাওড়মদ্রবা মাগী মমল্‌—
অসি'মত্তা।

নুংশিহৈতবা মতম্‌দি নোকৃলি
অপংবা থমোয়গী থৌরাং
উৎগা,—
বায়বা. খোৌরাংলবা লান্‌কম্‌দা
লেঙ্‌ঙম্‌দ্রবা যৃতিগী ফুবা যুংনবগী লাকৃনবা—
অপংবা থৌরাং
তম্‌থিরবা ঈহন্‌গী মাংদা।

হে নিংথৌ,
নংনা মতম্‌বু শুম্‌হৎলবনি।
তৌঙমদ্রবা কলাগী
নিংথিববা খুদম উৎতুনা
চল্লবনি মাবু
কৈশুম্‌শংদা .
মখুৎ পুন্‌হুনা ;
অদুগা,
শকৃনাইদ্রবা মৃত্যুগী কোকৃতা
উপ্‌পিববনি নংনা
ফংঙম্‌দ্রবা শোরাবেন্‌গী লুহপ।

অহিং তাংলো থেংগ্রবদা
নুংশি মাগী নাকোংদা হায়খিবা
নংগী অলোন্‌বা বা—
লোয়া-খুপ্‌না
অমসুং চেৎনা-চান্‌বা,
তাফদ্রবা
অমসুং কাওঙম্‌দ্রবা—

অমত্তা কায়ত্রি পুম্নমক্,
য়েকতুনা লৈরি মুঙ গী তম্পাকৃতা
ঙসিফাওবদা।

চহি কুম্জা কয়ানা হৌগ্রবদা
মালেম-লৈমগী তম্পাকৃতা
নিংথৌরেন্ কয়াদি তিন্থরে
লৈমায়থকী লৈঙ্কুন্দা ;
তৌইগুবস্নুং,
অতিয়াগী থবান্মিচাক্‌শিংবু য়েংদুনা
অবা' শোর-শাং হোন্দুনা
ঙসিস্থ শোল্লি
অতৎপা লৈতনা
মুংঙো অসিনা—
"ঐ কাওদ্রি।"—

"ঐ কাওদ্রি!"—
তৌইগুবস্নুং,
পুক্নীদি কাওখিগনি ;
করিনা,—
মাবুদি কৌয়ক্‌লি
লোয়বা নাইদ্রবা চিয়স্তনী থোক্লেল্না,
অমসুং
মাদি চৎখি
লোয়বা নাইদ্রবা মাগী থোংচৎতা :
পুখিদে করি'মতা—

লৈহোৌই পুন্নমক্
নিংখিরবা খোৌরম্গী মওংদা
অমত্তা কায়দনা
মাগী লেংফত্রবা স্মৃতিদি।

—অনুবাদ ; মেহেরপুর, ১৫।১।৬৫ইং।

×

# ইনুং শোরা।

ঐগী মীছৎথোংগী নাক্‌চিদা
খংহৌদনা চংলক্মী লহান্ অদো
পীক্‌লবা থাবল্গী মশেক্ অমত্তং।
তাংলোগী অচিক্‌পা থুগায়দুনা
হংলক্মী মানা ঐঙোন্দা—
ক'ম্‌দোৗরিবগে নংবু?

থাখল্গী থাংমদা
ইংনা নোৗরবী মাগী মাথোংতবু
য়েংলক্মী ঐনা
অঙক্পা মীৎয়েংগা লোয়ননা-

পাওখুম পীবা ঙম্খিদে।

× × ×

মঙ্গী ৱাংমদা নিশিংঙি মাবু
ঙসিস্থ,
অতৎপা লৈতনা—
পাওখুম্ থীবা ফংদ্রি।

—মেহেবপুর, ১৫।৮।৬৬ইং।

## ঙসিগী অহিং।

নংস্থ চৎলি, চৎমিন্নরি ঐগা,-
চৎখসি।
খোংথাং খোংথাং খুদিংদা
থমোয়গী নুংশি-ঈহৌ—
পাম্মুবী ;
মালেমগী বা নত্তে
থমোয়গী লাইজগী ৱানি—
হে কবি।

কবিতাকুঞ্জ কায়খিশন্নু,
কবিগী কলম্ তেক্খিশন্নু,

অতিয়াগী থাজম্ব লুপ খিশনু—
কবিগী য়ারিবগে ?
ঙসিগী অহিংনা হয়েংগী পাওজেন্ চেন্‌ড্রিবৈ,
অতিয়াগী থবান্‌মিচাক্‌শিংনা নোক্‌লিবৈ
থাবন্‌গী করি মথৌ তাবগে ?

কবি,
তুম্‌তুনা লৈখো ঙাইহাক্‌তং—
কোবো-মঙাল্ থোক্‌লক্‌ত্রি,
তম্‌য়া-কোবি চেল্লক্‌ত্রি
নোংপোক্-ইচিক্ হল্লক্‌ত্রি—
নংগী মতম্ য়াৎলি।
ঐগী থমোয়না পোথাবিবৈ,
প্রেমগী লংহী তাড্রিবৈ
কবিতা তানিংড্রি।

ঐ চৎলি কবি, ঐ চৎলি —
উমংগী লিক্‌লা শিঙ্করক্‌ত্রি,
তাংলোগী অচিক্‌পা থুগায়তুনা
হাবোগী খোন্‌জেল্ শিল্লকত্রি,
মলয়া নামিবা পোথারি—
ইরক খিনু নংগী কবিতা।

হুংশিবী,
ঙসিগী অহিং অসিদনি
ঐনা তম্‌গদবা নঙোন্দা—
মতম্‌ কুইনা শেম্‌জরক্‌লবা
লোয়া-থুপ্‌না থম্‌জরক্‌লবা
ঐগী অলোনবা ৱা—
নমিৎ উইশন্নুকো পাম্মুবী।

ঙসিগী অচিংনা চৎথ্রবদা
লৈনম্‌পুবী মলয়াগা লোয়ননা
কবিস্থ য়াকায়রক্কনি—
স্থর্‌ য়াওদষা কাব্যগী খোঙজেলগা লোয়ননা;
ঙসিগী অহিং লাক্‌লবোয় অমুক হন্না।

—মেহেবপুর, ৭।৫।৬৭ইং।

×

# থরানৃমিচাক্কী মীনোক্

তাবম্দায় নুমিৎকী
মা-মঙালনা লৈতেংলবা তম্মাথকৃতা
শাথপ্ননা পায়বম্মী লহান অদো
চেকলা কয়া ;
'শিংনাইদ্রবা আশাগী শৈরেংলোকৃতা
লোন্থোকতবা নিংথিবগী শাইনোন্
অচুগা,
ঙাওচৎনবা নোংগী লংলানবা লুহপ্—
অসিগী মবোল্ :
চায়থায়তুনা লৈরিবা
লৈনম্ চেন্‌বা নামিবগী ইংলবা থৌগন্—
ঙসিসু লৈবি।
অঙক্পা-অপেন্‌বগী শোরশাং হোন্তুনা
ইন্‌খৎলকপা নোংলৈগী ঈবৈথকৃতা থীরুই,
পেন্‌খিদ্রবা খোবাংলবা থমোয়গা লোয়ননা—
মাগী মমল্।

× × × ×

কোবোনা তুম্থুন্ তান্‌খ্রবদা,
বারবা চোকৃথববা থমোয়না হল্লকপদা
মবেক্ কারবা হুমাংগী লৈচিল্'রকৃতা
মঙ্-ওই, হা-ওই,
সরাব্‌কী নিশানা লেকৃথরবা নাকোংনা
তাবা ফংখি—
লকৃলি লকৃলি থোকৃলিবা

থৱান্মিচাকী লোয়বা নাইদ্রবা মীনোক্ ।
অদুগা,—
সুব য়াওদবা হারো-খোঞ্জেল্না নিকৃলবা
অহিংগী ইচিক্ তাল্লিবা উমংসু
মঙ্গী কোন্নুংদা ফম্দুনা
তাংলোগী অচিক্পা থুগায়দুনা
পাওমেল্লকৃখি :
বসন্তগী লৈবাং-লৈশং,
শরৎকী শিংগারৈগী সন্ধ্যা-আরতি
অমসুং
কবিগী ঈশৈ,—
পুম্মক্ অরেম্বগী থোৱাংরা ?

× × ×

পোথা'হৈতবা পুকৃনিং ঐগী,
নোকৃউ, ঙম্লিবঙৈগী নোকৃউ—
কোয়রগনু অমুক্ ;
তাংলোগী অচিক্পা লেল্লগা
অরেপ্পা পাওদম্ পীরগনি শোয়দনা
ঙসিগী অহিংগী ঙৌরুনবা থৱান্মিচাকী
লোয়বা নাইদ্রবা মীনোক্'সিনা ।

—মেহেরপুর, ৪।৫।৬৭ইং ।

×

## কেনৃথিবা উনা'মদা ।

কেল্লেদো ঙসিদি
ইংলবা নিংথম্‌গী নংকেন্‌-থাদা
মালেম্‌গী অৱা-মৈচাক কোক্‌তুনা
পুন্সী-পন্দোন্‌ লোম্‌লেদো ।

চৎলো, পোখারগন্থ, চৎলো—
অতিয়া-মগুল্‌ শিৎনা
মপুগী থৌরাং য়েংলুরো ।
লাইরৈবাকী লৈরাং-লৈশং,
পারিজাত্‌কী নুংশি-লৈনম্‌
শিন্‌-থুংনা লৈতেংলিবা
মালংবগী নুংশি-থৌগন্‌—
য়েংলুরোকো নুংশিবা ।

মম্‌লবা অহিংগী অস্থকপা লৰীদা
মতম্‌ কুইনা লৰী লম্মুকনখিবা
কাওরগনিদো ঙসিদি ;
কাওখরোকো পুন্নমক্‌ :
ঙারাংগী তাংলো অহিংদা
ঙাওচৎননা চৎলবা—
উমংগী হারো-খোঙ্গেল্‌দা
খংহৌদনা মাংখিবা
পাক্‌-চাওরবা অতিয়াগী লৈত্রেং-

তরংগী ইংখোল্দা ঙাল্লবা
তনিক্ তনিক্ পক্লম্বা
নারকী লিক্লা-মরিক্
মতমগী নোংলৈ-খোংশান্দা
খংহৌদনা তিন্থিবা—
নিংশিংলনিদো ঙসিদি।

শাবী মাঞ্জ পাম্মুবা,
কোবৌগী শকতম্ নাপদা
লৈম-শিজা তবেৎনা
শলাই-লৈত্রেং হাপ্তুনা
নংগী দোলাই থাবক্লি।
ঙসিগী মালং-ইপোম্দা
পাঞ্চজন্য লিশিংনা
মপুগী থৌজাল্ ঙাক্তুনা
নুংশি-খোঞ্জেল্ শিল্লক্লি;
তাবনিদো ঙসিদি।

তৌইগুম্বস্নং,
থবাইগী মমী তম্লম্দায়'
প্রেম্গী শরিক্ খিংলক্পদা
নূরাগী শাইনোন্ নাপদা
নুংশি-থুদোল্ তম্থিবা
লৈহাও-লৈরেন্ নুংশিবী—
তরংগী লৈত্রেং হাপ্খিবা

অমম্বা উমংগী লৈকোল্‌দা
মালেম্‌না তুম্‌শিং তান্‌দ্রিঙৈ'
কাব্যগী লামায় য়েক খিবা—
করিগী থৌশিন্ কৌবগে ?

চংলো, পাম্মুবা,
পোথাবগন্ন—
অমং য়াইথোং বাংমদা
শোবাবেল্‌গী কোন্নুং য়ৌদ্রিঙৈ
স্বর্গগী নন্দন্ কাননদা
নংগী দোলাইনা থাদ্রিঙৈ
নুংশি-ঈশৈ তাখিনি।

অদুগা,
দোলায়গী খোংচং লোয়রগা
পাবিজাত্‌কী লৈনম্ ফংবদা
লৈচিন্‌-নোংফাই মরক্‌তা
প্রেমগী মৈবা থান্‌দুনা
শনজিং-নাওপোম্ য়োগনি।

মতুদগী,
কাব্যগী লামায় নাপদা
পেনাগী চৈজীংনা খিংলক্‌পদা

প্রেমগী চৈতপ্ ৱাংমদা
উমংগী হায়ো য়াকায়ৱক্কনি।

× × ×

নংগী পাওদম্ ঙাইহ্নুনা
অমম্বা মালেম্গী লৈকোন্‌দা
থম্বাল্-থরো শাৎলিদো—
তম্‌লোয়াওকো নুংশিবা।

—সোইবম্ লৈকাই,
১৩,৭।৬৭ইং।

## শনরিক্ মচু।

ভাবাংগী ইংলবা উমংদা
বাক্‌চিংগী লিকৃলা চাখিবা,
খোংথাং খোংথাং খুদিংদা
মীনা উখিনি কৌখিবা—
থমোয়দা তুজুং' পোক্‌খিবা,
খুজীগী মখোল্লা নিক্‌খিবা—
বাজশ্রবনিদো নহাক্‌তি।

প্রেমাভিসারিণী রাধিকা,
জটিলাবু কৌখিবরা?
শুক্‌লবা নিকুঞ্জ বন্‌দা
মুরুলি-খোঞ্জেল্ তাবদা
বসন্ত-মালতী লৈরাংদা
নংনা করি পাওদম্‌খিবগে?

জগোয়শাবী বাসবদত্তা,
রাকুগনু করি'মতা,—
কবিগী কলম্ পোথাদ্রি।
কাব্যগী শৈরেং-খোল্লিক্‌তা
তোয়শাংনবী মালতীসু
মবোল্-মপাও তম্‌লক্‌লি।

নিংথৌ-ভুরেল্ অচৌবা,
কবম্বা চীংগী লোক্ভগী
চেন্নক্পনো নহাক পু ;
নহাক্কী লৈবাং-লৈকোল্দা
কবম্বা লৈবাং শাৎপনা
লৈবাংবীগী থমোয়দা
প্রেমগী পাওতাক্ পীরিবা ?
নত্তনা,
কবম্বা অমৃতগী ইচেন্না
নংগী নপুক্ থন্থ্হনা
তাইবং তবংদা শাৎলিবা
মাধবী-মালতীনা ঙাওরিবা ?

× × ×

লৈবাংবীগী য়েন্দাইদা
তখেল্লে পবেং অচুম্বা
উবীবৈ-চিগোংলৈ ফজবা
লৈবাং কয়ানা ঙাম্লিংঙি ;
কোবৌ লৈমরেন্ নাপদা
প্রেমগী কোলোয়-নাচোম্ ওয়
ভক্তিগী হৈরুক্-তাংলাদা
লৈরাংগী থমোয় কৎনিংঙি।

উমং-লৈরাং শক হেন্বী,
নংগী শাইনোন্ মরুম্দা
নোংলেন্ কোয়ৌ লোৎখ্রেদো।
চেক লা-শাথপ্ লোয়ম্ব্রিদৈঙ,
কোলোয় মপাও তাদ্রিদৈঙ

ভাইবং-ইপাক্ ইরাইদা
থম্বাল্ লৈরেন্ লৈকাদা
লিক্লা শানপ্ হন্‌থ্রেদো
মালেম্‌না তুম্‌শিং তান্‌থ্রগা
খোংজি মখোন্ তাবনি,
কোরৌনা তুম্‌থুন্ তান্‌থ্রগা
শনরিক্ মচুনা ঙান্‌বনি।

× × ×

লৈবাংবীগী লৈহেক্তি
তাইবং-মালং থংফদে।
মালং শহুম্ ফংদবা,
মীচিক্-মীরাওখোল্ তাদবা
য়াইবী-কোলোয় শকক্রম্ ওয়—
শবোই নাহুম্ য়ৌদবা,
খোয়ুম্ মপাও ফংদবা
নোংথোম্বীগী লৈকোল্‌দা
স্নাগী থম্বাল্ চামনা
স্নাগী মঙাল্ শিন্‌হুনা,
স্নাগী লৈনা থুদিংদা
স্নাগী লিক্লা চায়হুনা,
স্নাগী চামোর পাইহুনা
মলয়া থৌগন্ তৌরিবা,
শীজা লোক্তা অথোয়বী,
লৈরাং লোক্তা শক্হেন্‌বী,
কোলোয় য়াইতম্ তাবদা
তাইবং-মালং ঙাওরিবী—

নাইত্তোন্ শাৎপী লৈরাংগি
লৈরাংবীনা তানুংদি।

অতিয়া গুরু সিদবা
চীংশান্ নাওশোম্দা ঙাল্লবা,
লোইদাম্ খোংচৎ লবীদা
কনাগী খোংগুন্ লীবনো ?
পারি-নমোম্ ময়াম্না
প্রেম্গী কোলোয় শক্পদা
তোম্শাৎনবী কনাগী
করম্বা মরাল্ লৈবনা
পায়মা পুক্খন্ থীবগুম্
তাথি-তারাক্ তৌবগে ?

নূরা মাগী পুক্চেল্দি
পম্বো-থোগন্ পাম্বীনি,
অয়ুক্ ঙন্না হোৎনা
লৈরাং-লৈকোল শেম্বীনি।

পম্বো নংনা তুম্থ্রগা
মালেম্-শংজাও কাচিন্দা
অমোৎ-অরাং তাহৌবা,
য়াংগোয় শক্তিক্ থম্মদা
চক্র-চনাই য়াৎহৌবা—
পম্বো নংগী নমোম্লোই

থাদোয় মাগী থৌরাংওয়—
রাত্ত-পাদনা লৈতেংবা
লৈরাংবীগী থৌরম্নি।

শনজিং-নাওপোম্ নামদা
য়াংগোয় দোলাই চন্‌দ্রিঙৈ
প্রেমগী শরিক্ খিংদুনা
মপু মা'ক্‌পু থৌগন্‌বা,—
পম্থোনা খোংশান্ তম্‌লমদায়,
মাগী ঙক্‌তা লৈতেংবা
তুলসী পবেং অচুম্বা,
কুন্দো পরেং ফজবা,
পম্থোগী লাইবক্ শুমাংদা
য়াইফ-পাওতাক্ তাক্‌তুনা
শনরিক্ মচুনা লৈতেংবা—
থাদোয় মাগী থৌশিন্‌নি।

× × ×

বাসবদত্তা,
নংগী মাইথোং থম্বাল্‌দি
লৈহাও-লৈরেন্‌বু ঙম্‌জরি,
নংগী পোলোয়-শাইজিন্‌দা
মাগী থম্বাল্‌না থৌগল্লি।
খোংথাং খোংথাং থুদিংদা
নংগী ঙক্‌কী লৈতেংওয়,
শনরিক্ পরেং অচুম্বা
তনিক তনিক নিক লক লি।

নংগী চোয়জায়নবা শম্লাংনা
তাইবং-মালং কুপ্পদা
চেংহী-উত্তী মনম্না
তাইবং তরং শুম্হৎলি।

প্রেমাভিসারিণী,
নংগী মীৎম্না-থম্বাল্ অনিনা
তথক্ তথক্ য়েংবদা
উমংগী শজি-শনাইদি
ইকাইহুনা লোৎপ্রেদো।

ইকায়' হৈতবী নুমিৎলৈ,
করিগী মাইথোং লাংবগে?
পোলোয়-লৈত্রেং ওয়নবা
শীজা মাগী থৌজাল্লা
কুন্দো-কবোক্লৈ কয়ানা
হায়না হুম্না শাৎপদি
নুংশি-লৈচন্ ওয়বদা
নুরা-শাইনোন্ নাপদা
পাম্মু মাগী থৌগন্ ওয়—
শনরিক্ মচুনা লৈতেংবা
খুয়া থম্বাল্ অনিদা
অরাল্ খুভম্ তাক পনি।
মালেম্-লৈরং কাহুদা
মৈথু-লৈচিল্ ময়ক্তা

থামী মৈশা লাংখিবা,
কোয়ৌ-শক্তম্ য়েংছনা
য়াইবী থাংতপ্ চিংছনা
প্রেমগী ভিক্ষা নীখিবা—
কোয়ৌ মানা লুপ্ত্রগা
করি পাওদম্ ফংছনা
উমং-ইকাইথীবীগুম্
করিগী নয়াই লুক্পগে ?

শনরিক্ মচু ফজবা,
নংগী থোগন্ ঙাক্পদা
নূবা মাদি থারেদো।

তফিং তফিং চৎলদি
জগোয়-খোংথাং কায়খিনি,
খোংজি-মখোন্ তাবদি
পম্মৌ-চৈবাক্ ফংগনি।
মপু-নাক্তা য়ৌদ্রিঙৈ
জগোয়-খোংথাং কায়রদি
তাইবং-শরি নামুংওয়
পাম্মু-থোগন্ ফংঙোয়দো।
পম্মৌ-চৈয়াক্ ফংছনা
থোংলোন্ মাপন্ মহুংদা
পুন্সী-থাইতেম্ থোকলদি
শরি পন্দোল্ লোম্দ্রিঙৈ
প্রেমগী মৈরা মুৎকনি।

ঔশৈ-হন্বী,
পম্বোনা তুম্শিং তাল্লিবৈঙ,
মালংনা খোইঙাং শাদ্রিবৈঙ,
প্রেমগী লৈরাং-লৈকোল্দা
শনরিক্ মচুনা ঙান্খিনি।
লৈরাংগী লৈচল্ ওয়নবা
জগোয়গী খুৎথেক্ চানবা
মপুগী নুংশি-কোলোয়দো
শক্খৎলুকো পাম্বুবী।
মপুগী থোগন্ ঙাক্তুনা
নুংশি-কোলোয় শক্তুনা
প্রেমাভিসার থোক্পদা,
তাইবং ইরাওথোল্ তাদ্রিবৈঙ,
কাক্না লম্থাং তম্দ্রিবৈঙ
তাইবং-মীনোক্ চংফদে,
পম্বোগী চৈরাক্ কীফদে।

বাসবদত্তা,
কীরুগনু করি'মতা।
নংগী থমোয় 'নুংহ্নদা
পাম্বু মাগী মমীওয়,
শনরিক্ মচুনা ঙাল্লিবৈঙ
তাইবং-চৈরাক্ কীফদে।
পম্বোগী শংজাও নাপদা
চেকলা-কোলোয় তাদ্রিবৈঙ,
মালেমগী উমং-কোনুংদা

মলয়া পাওদম্ শিন্‌ব্রিঙৈ
কবিগী কলম চংখিনি।

উমং-চেক্‌লা অপংবী
নংগী পাওদম্ তানিংব্রি,
থরগা তুম্‌শিং তান্‌জখো।
মালংগী তরং ইথক্‌তা
নংগী য়াকায়রোল্ হৌবদি
কাব্যগী লৈত্রেং কায়রনি।

—মেহেরপুর, ১০।৮।৬৭ইং।

×

পোথাখিসি

# ৱাহৈ খরদং।

পাবিরিবা মরূপ-মপাং অমসুং অখং-অহৈশিংদা নিংশিংজবা অমদি—কবিতা খবা অসিতনা কৈদৌঙৈদসু কাব্যগী লাইরিক অমা ওয়রবা য়াবা নত্তে। লাইরিক মচা অসিনা সাহিত্যগী লৈচল্ ওয়রুগনি হায়বগী ৱাখন্দা লাইরিক্ অসিগী খোৱাং শিন্নুবসু নচ্চদে। পুন্সীগী অখা-অয়াক্পা মতম্ কয়াদা ঙাওরি-ফৈরিবা ৱাখন্ কয়াগী লংজিন্দগী ডায়রীগী লামায় কয়াদা খোরি-খোৱাং খরদং খোংচন্জখিবশিংহুবু ফোংদোক্পগী লম্বী পীরুবগী ৱাখন্ থোয়দোক্পা তৌজরদে। অহু-মক্পু, মতম্ মতম্দা য়াম্না লুনা তিন্নজরুগা মরূপ-মপাং কয়াগা মতম্ লেন্বা ওয়না ডায়রীগী লামায় অম'নি হাংদোক্তুনা নোক্মিন্নবা অমসুং হারাওমিন্নবা কয়া য়াওখ্রে। ইশাগী ঙাওরি-ফৈরিবা পুকনিং মতম্ অমদা ফাবা ঙম্খিদহুনা লাই বক্অসিদা য়াওরিবা 'নিঙম্দবা ৱাখন্গী লৈরাং পবেং' অমসুং 'খবান্মিচাকী মীনোক্' কৌবা শৈরেং অনি অসি ইংরেজীদা অমসুং বাংলাদা হন্দোক্তুনা Garland of Dead Thoughts' অমসুং 'তারকার হাসি' হায়বা মীংথোন্দা মতম্ অমদা ফোংদোকচখি অমসুং মরূপ-মপাং কয়াগী থাগৎ-থাদবা ৱাহৈ কয়াসু তাবা ফংজখি। তৌবন্দিদি থাগৎ-থাদবা ৱাহৈশিং অহুবু পাম্জরুবনসু উৎচরুবা নৎখিদে। ছাত্রমচাশিংনা article পীদবা য়াদে হায়রুনা তকশিন্নকপদগী খাংঙম্ব্রহুনা মণিপুরী লোন্দা লৈবা শৈরেং অনি অসিবু হন্দোকতুনা পীগ্রগে হায়রুনা খন্নুবদগী পীখিবনি।

লাইরিক্অসিগী মনুংদা য়াওরিবা ৺ৱবীন্দ্রনাথকী 'শাজাহান্গী মুংশি-খুদোল্' কৌবা মীংথোন্ অসি ইশামক্না থোনজখিবনি। ৺ৱবীন্দ্রনাথকী English Edition পরেংগা থেংনজরুবা মতাং অমদা

কবিগী Lover's Gift and Crossing কৌবা লাইরিক অমবু মতম্ অমদা হাংদোক্‌চরুই। মতম্ অতুমক্তদা ঐগী থমোয়দগ্নি মমল্ য়াওখিদবা শক্‌থংদবা পীগী ইখিন্ অমা থুংলবগী মতাং অমা ওয়না থোক্‌খি। পীথোক্‌লগতা নুঙাইবা, অমস্তুং লৈজবা পুন্নমক্কা মমী ফাওবা থম্‌হৌদনা পীথোক্‌খিবদগী পুম্‌কোক্‌ কোক্‌লে হায়বহু ওয়রগতা থোঘাইদগী 'অপেন্‌বা' হায়বহু ফংজবা,—অসিগুম্বা অপেন্‌বা ফংবগী ইনিন্‌দা উংখিহুনা শক্‌থংদবা পীগী মরিক্‌ কয়াগা থেংনরুবগী তাংকক্‌ অতু-মক্তদা, কবিগী ঈশৈ তাবা ফংজখি—

**You allowed your kingly power to vanish, Sajahan; bnt your wish was to make imperishable a tear-drop of love.**

পুক্‌নিং অসি ফাবা ঙম্‌খিদহুনা কবিগী শৈরেং অসি হন্দোক-চরুরে; অতুবু শৈরেং অতুগী মমিংদি লাইরিক অতুদা য়াওদবনিনা, কবিতা অসিগী মীংথোন্‌গীদমকতা ঙাইহাক চম্মন্‌খি। অতুমক্‌প্রু, মতম্ অতুগী পুকনিংগী ফিভম্‌গা চুনবা ওয়না, কবিগী শৈরেং অসিগী ঘাহৈ-শিংগা খজিকতং চাননবা থন্‌হুনা 'শাজাহান্‌গী নুংশি-থুদোল্' হায়হুনা থোন্‌জখি। মতাং অসিদা কবিগী মফমদতা নত্তনা অথং-অহৈশিংগী মকাদগ্নি ইশানা অলান্‌বা শিন্‌জবে। ইতিক্‌-ইপা চাদনা শৈরেং অসিবু হন্দোক্‌চরুবিবা অসিমক্‌স্তু অথং-অহৈশিংগী মকাদা লংজবা ওয়না থোক্‌লবনি। অসিগীদমক্‌তা ঙাক্‌পিগনি থন্‌জৈ।

অলোয়বদা, অমুক্কা হন্না হায়জবি,—লাইরিক মচা অসিনা মণিপুরী সাহিত্য-লৈকোন্দা লৈরাং অমা ওয়না শাৎলুগনি হায়বগী য়াথন্‌দা শিন্‌জরুবা নাচ্চেদে।

সাহিত্যগী পাক্‌চাওরবা ইপাক্‌তা ইতিক-ইপা চাদবা ঐনা অতুক চাওবা য়াথন্ থল্লুবদি ইশাগী ঙাক্‌পিহৈত্রবা অলাম্‌বা ওয়গনি। মরূপ-

মপাং অমসুং ইচল্-ইনাওশিংনা মুংথিন্ চাক্-ইশিং চায়গা সংসায়গী অকন্বা থৌরম্ কয়াবু ঙাইহাক্তং কাওথোক্তুনা মীংকুপ্ অমত্তং পোথাগদগী ফমুংদা কাথংলগা তুম্থিগে হায়তুনা টোনিক্-পীল্ থীয়ক্ না মতম্দা লাইরিক্ মচা অসিনা তুমগী হোমিওপেথিক্-ডোজ্ অমত্তং ওয়না থোক্লবদি হোৎনজরুবগী মহৈ য়াম্লে হায়না হায়াওজগনি।

মরূপ-মপাং অমসুং অথং-অহৈশিংগী পাওতাক্ মতম্ খুদিংদা ঙাইতুনা লৈজরি।

— শগোন্শেম খবল ;
২৭।১।৬৮ইং।



পোথারসি।

